# য়িমপাললোল



শিন্দোকপা

রাংখেমচা তোম্বা সিংহ

অফোংবা ঃ— চৌং-তম প্রেস, নাওরেমথোং

সিন্দোকপা তাং ২ । ৩ । ৯২ ইং
লাইরিকসিগী হক পুন্নমক সিন্দোকপগীনি ।
ফোংবা, তাং ৬ । ২ । ৯৩ ইং
লাইরিক মশীং ঃ— ১০০০ নি ।

মমল ঃ লুপা ১৫/-



রাংখেম ৺চাওবী সিংহ

পণ্ডিত য়াইমা,

সাহিত্যা সিরোমনি, রাজ পণ্ডিত

৺ইপা ইবুংঙোগী মফম লাইরিক অসি নচা তোম্বনা কংচরি।

তাং ৬। ২। ৯৩ ইং

# ৱাহায় খরা

পাংদ্রবা শিলৈরোমবা ঐনা ইপা ইপু অপোকপাশিংবু পুনেমজৈ॥ লমদমসিগী ৱারি লীথুলশিং মাঙদনবা য়োকতুনা থমবী-, রম্বা ইপা ইপুশিংগী খুয়া খাদা চংজরি॥ য়ুমবাললোল কৌবা মৈতৈ চংনলোল লাইরিকসিবু য়োকতুনা থম্বীরমবা ঐগী ইপা ইবুংঙো ৱাখেম চা ৺চাওবী সিংহ রাজ পণ্ডিত সাহিত্য সিরোমনি, মসা কোন্নুং পণ্ডিত লোইশংগী মফমদা লাইবকথিরবা নপারি, পারি পুরেপ ফংঙমদ্রবা নচা তোম্বানা ঙাকলৌ খাদা চংজরি॥

লৈখিদ্রবা ইপা ইবুংঙোনা লাইরিকসি থম্বীরমতুনা মতম কইনা তাবু নুংদা তাতুনা লৈবদগী লমদমসিগী মীয়ামগী ওইনা য়ুম্বালোনগী চংন কাংলোনদা থরদং মতেং ওইগদ্রা খনজতুনা পাংদ্রবনা অমুক শিন্দোকচতুনা পুথোকচবনি। লৈখিদ্রবা ইপা ইবুংঙোনা থম্বীরমবদদি অশোই অঙাম য়াওরমদে হায়না লৌজৈ॥ অদুবু পাংদ্রবনা সিন্দোকপদা ৱাহৈগী অরানবা, হেনজিনখিবা, অরান অহুই কয়া পাবীরিবাশিংনা থেংনবীরক্লনা তাকপীরকলবদি হরাওনা লৌসিনজরগা মথংগী খুংনমদা চুমথোকচনবা হোংনজগনি॥

লাইরিকসি পুথোকনবা হোংনবদা অচৌবা থৌদাং লৌবীরিবা ঐগী ইয়াম্বা, বিধু ১সু প্রেসকী ইচিল-ইনাওশিংগী মফমদা তৌবীমল খঙবা উৎচরি॥

ফোংদোকপা ১সু শিন্দোকপা

**ৱাংখেম তোম্বা**

ময়াংলাংজিং

# খ্রিমপাললোল

তাইবং পানবাগি মপু। কুরু লৈমারেল ২ মকপু ইখুৎ ১০ মক লোন্না। খুরুম্না খ্রিমপাল লোলবু ইজ্রোরক-কে। তাথীবীকুন্নু।

তাইপং পালবাকি। মপু কুরু লৈমরেল (২) না। লাংপুম ১ তা ওইনা। তাশিন্না। শিতাপা-মপু ওইনা। লৈরপাদা। পিপুকন্নুংতা লৈশেমলিংলে। মহাকতাকী নিংয়ে হাইবাকী অতিংঙা ওইরে। মমিং অতিয়া কৌরে। নিংঙুপাদাকী কোকলাকে খললে। মমিংপু অতিং কোক কৌয়ে। অশিপু শিতোকলাকে হাইপাকী অশিপা কৌয়ে। শেম শান্নরকে হাইবকীপু অশিপা কৌরে। শেম শান্নরকে হাইবকীপু মামিং সানৌত্তোন কৌয়ে।

অগুম তৌনা কুরু শিদাপাআ। মাহাকতাকী পুখোকতুনা মালেম লৈশেমলকপাদা। লাই নুরা ৭। লাই পাখং (৯)

মাপল পুথোকতুনা। লাই কোতি ৩৬১ বু পুখোকতুনা। কুরু লৈমারেল ( ) না ময়াই শুমদোংপাল্ল। কুরুমচিং-লেল তোংদ্না। য়েংকা-ওইকা। তাংবল-লাংদা.। লাইকো চহিচা কুমশিং লাথা অহুম। চাতারেৎ পানড়না। ত'ইবং ওইবানা। য়িমপালগাদবাকী চৎনা লমচৎপু । তাকপি। তর্মবি। শিম্না। ৱায়েল। থোদা খৈবিকপু। থৌতিকপির-মলে। অশুম তৌতুনা খোইয়ুম লাইনা লাপূপ। থোকাই পুনাতূনা পানবাগী। স্না লৈপাকপু লাই লৈপাক কৌয়ে। লাইকৌ চুক কুমশিং লোমলাপাতা। নায়্ তাইপং মিনা। শমথানা পালহৌয়ে হাইবাকী নমু ত'ইবং মিওকোায়। হৌজিকতি। য়িমপাললোল কোপাদি। কারিকী কোপাকে হায়রপাতি। কুরু লৈমরেন অনি (২) না। লাংপুম ১ তা। ওইনা লৈপাতাকী। য়েৎ-ওই অনি খোকনা থাইতোক-তুনা। য়িমতিন্না। পাল্লী। হাইপাকী। মিংপু য়িমপাল লোল কৌয়ে।

হৌজিকতি মালেম তাইবং পানদা। য়িমপাললোল কোপাবু। কুরু শিতাবানা। লৈমরেল শিদবীদা ৱাহমখিয়ো হে-শিদবি নংনা নিপি-ওইবীশিংবু শিম্না বায়েম্বগীবু। তাইবং মিওইবা নিপাগী নিপিনা। য়িমপাল্লীবা শিংদা

চৎতানা। য়িমদা চংদনা। থৌতিকপাড্রাবদি। য়িম্বাল কাংলোল চৎনা থৌশিল খংলারোয়ে। থৌতীকউওঃ হাইরপাদা। তাইবং পোকপা লৈমারেল শাদাবানা। কুরুকা য়াথংবু লোনা পাওথুমখিয়ে।

হোইতা হে কুরু ও। কুরুকা থৌচাল মহৈনা শিদবা ঐনা। মালেমদা। মমা লাথা ১০ পোকহুনা। তাইবং শুক্তা। চাদা নাওদান্না। শনতোক চারিয়ে।

য়িম অমাদা নিপি-নিপা পাম্ববু। অঞ্জি লাইয়ুম থাবা। লাইয়েক লাইখোৎপানা। লাইপক থেল্লাই চংজমবাগী। চায়াম চাকোক হকপাগী। চায়োক চাকইন থৌরম কন খিবানা তারা চাকপুক থন্নাপা থৌরাংচাবাদা। লৈমরেল শিদবা ঐবু লৈ হাইবা কাওখিহুনা। ইরাৎ থোনিদেয়ে। য়িপাললোল কাওহুনা। লৈমারেল ঐবু তুংওইনবগী। নোংমা নোংমাগী। থমলৈ অয়েং চেংলকই। লাইরা চুথৎনারকই। শেংথুং চাকথুং ঙাকতে।

য়িমুং কোকফাই শো। ফদি ফরালৈ। ১০ চাকথম। চাগুম খুজামলি। চাকথুম লুথাক রাইতৈনা। ফকলাং মিরাংকা। লকাং মারি য়াল। লাকুম শিংগুম। ফুলৈ রাবাদা। শিদবা ঐনা মাই ওনশনদেয়।

য়িমকী য়ুমলৈমানা। মনেক খামাক শেং। কাটি কিরৈতম। ফুরোইকোই শেংখা। ইমুং খোংদোইচং। বাইকৈ খোইরি খোং। নুরা মায়োক থম। শুমচিং লম্বাল থোক কাদি ফারা ত্তাইয়োন্না। য়েনাখা য়েনখুল কোনচাক শো। মাঙ্গোল খেলজং চমোংলাং। শুমাং-থেলোং বাইচাইনা। খারাই থোংগান চমোংলাং। হিংকোল পারিকোই মোংশোং লাংলাপা। ইমুংদা। শিদাবা ঐনা মাইচং দেয়ে। অতুমনা পাল্লি বা। নিপাচুনা লোরাং থোরাং। থোচং থুদিংদা। শমু মমাই পাকতে। ওইজা ওইথক ফংদে। গুরুরাবাশু মাহৈ হামচংলে। অশুম তোবা সিনা। অয়ামবা ওইয়ে।

শিদাবা ঐবু লৈএ চাইবা থংদ্রবা। য়িমলৈমাগী মনাকতা মিকুপ অমাশুং লৈন দেয়ে। চংজাদেয়ে। য়িমপুম থুদিংদা নোংমাগী। '১০ চাক বাংপা কমলোই। লংকৈ বাংপা কনানো। শিললাং থোরাংদবু। অহিং নোংলোন থাকতানা চংপাশু চংশুমজায়োইদ্রে। নমথী হানৈ। কাচাক মলদে হে কুরুও। হাইনা হংগংলকপদা। কুরুনা। লৈমারেন শিদাবী য়েংচুনা। হাইরে। হে নিমথী ওঃ নংনা ঐগী ইমাকতা শংচুনা লৈখোকলাবাদি।

নযু তাইপং পানবাদি। পানগুমলোইয়ে। শিপোং। ইপোং পাইহন্দ্রাবাদি। করমনা য়িমপাম্‌গানি। য়িমপাল-লোল। অথোই-অহেন তম্বীরুও। য়িমকী য়িমলৈমাবু। য়িমপাললোল তম্বীদ্রাবাদি। যল। ইরোই। ওক। য়েল কুম্না পাল্লারগানিয়ে। হাকচম। শিঙ। লাপোং। খাংনা চাঙৈগী। য়িমপাল ওইগানিয়ে। নঙ-এবু লৈয়ে হাইবা থংহনতুনা চাকবাং পুক্রবাংপাবু। চাককৈ। ললকৈপু। চাককু-ললকুবিদুনা। য়িমপাললোলবু তমবীরুও। হাইনা কুরুশিদবনা। লৈমারেল শিদবীদা। য়িমপাললোলপু। তুরেল ঈচেল থারকপা। লৈচেন্নরকপা লৈঙোইগুম্বা হেন্না শুগাইনা তাকপিথিয়ে।

কুরুশিদবাগী অচেৎপা। য়িপালললোলপু থৌতিকপী-বিরাকপাদা। লৈমারেল শীদবীনা। কুরুগী য়াথংপু। হিকথোফাদবগী। হেইয়রগা। ইকাই নুঙপংখিয়ে। কুরুকি থৌতিক বাপু। এনা পোকপা। শাইয়োল য়িমলৈমাশাংবু। যণ, ঈরোই। ওক। য়েলগা পাদমনবদি। নিপি মাগী মরমচৎ মবাহে তমজদবগীবু। য়িমগী য়ুমলৈমা ওইদেয়ে। ওলাক্কি ওইয়ে। নিপিনা মবাহে য়াকপা।

নিপা শাহুনথোক ওইবা। কল্লক কনজাও হুর্বদ। নিপাগী মরুম লুমতেয়ে। চিলথক খুরানা হৈপাশুং মতোম শাৎচায়ে মৰা মিৎয়েং থাফাদেদো। মচা মিংসং হনথোকদ ফাদে। লু নাও কাংফাদেয়ে। নুপী ক্লাক লালফাদেয়ে। নুপী চোংঙা নুপী চারোই। নুপী য়ান্নী ফাদয়ে। য়িমলৈগা নুপী মমা ওইফায়ে। হায়না লৈমারেলশিদবীনা। শিদবী ঐবু লুচেননৈয়ে। হায়বগীবু। তাইবং য়িমথোং চংমা। য়িমপাললোল তম্বীরুকে হায়না। কুরু খুয়া খাদা হংগৎচাএ।

কোরৌ নোংবুম অমদা। লৈমরেল শিদবীনা। কুরুদা হায়জেয়ে। হে কুরুও। লাহাল নোংদা। তাইবং য়িমপাল বাপু হায়জবদি। কুরুনা নিপিপু ষণ, ইরোই, ওক, য়েলক। পোৎপাম্বা তাকপিয়ে। লৈমরেল ঐশুং ইকাইয়ে। কোরৌ নুমিৎ ২/৪ দং। তাইবং য়ুমথোঙ চংদনা। নিপি চাশিংপু। ইমাল মতারোই শান্না লৈকাই য়িমপাল লোহৌনাপাগীপু। শমু লেংমালনপা শানা। তাইবং য়িমপাললোল তাকপী তিকপা। শিহ্না থৌতিক তম্বারুখিকে হায়না পাও কৎনখিয়ে।

হৌজিক্তি লৈমারেল শিদবীনা। কুরুগী সনা ময়াথং থংবু লোনা। নামু তাইবং মিওইবাগী য়িমথোঙ থুদিং চঙনা। মুমলিং থুললিংবাশিংগী। য়িমপাললোল চঙখোলনা তম্বারনারাগী। খোঙশাল্লাকলে।

লামলেমলেল পুরুক কৈ। অহোংলমহনগী মপুঙ য়াইদা। অতাংবা কোপী নিপি অমাগা। অতাংবা কোবা নিপা অমাগা। মতৈ মনাও (২) অনিনা রিমপাল্লি। অনিশি য়িমপা লোন্দি। (অতাংবানী) মালেম মপুঙ য়াইগী কৈরোল লৈকাইশিংগী মনুংদা। অনিশিগী য়িমপাললোল। তুংওইথিরে। মমিংনগা অতাংবী অতাংবা কোপানে মচানগা। চায়াম পোকপনে। মপা ওইবা অতাংপানা। মচা চায়ামপু। তরা চাকপুক থন্নাপা। লৌউশিংচনহুনা। মোংজু নুংশা থাঙনা। উনথম। কানবি নাইতানা। শুরু চংলুতানা। পুশিললাকপাকা। লোই-খিবাগা। তরা চানিং থাকথি তারে। নোংমা নোংমাগী। নিপী ওইরিবা অতাংবীনা। নোংমাগী পুশিল্লাকলিবা পুম্বা। থোং থাকতুনা। চায়ামশিংগা চাথোকলে। হোরেলগী। হয়েংগী। তরা চানিং থাকথিদারে। মতো অশি উরকপদগী। নোংমাগী নুমিংতা। মবা অতাংবনা। মাগী-নিপিদা

হাইয়ে। হে অতাংবী। ঐনা তরা চাকওল চা। নোংমশু চাদনা ইচা তরা চাকপুক থলোই চাকহেনগনি হায়না। কোরৌ নুংশা। নোংজু থাংদনা। য়াঙ হুইরি ওংপাগী মখৈ নোমমু শুরুত্তনা পুশিল্ল লাকপাপু অতাংবী নংনা তরা চানিং থাশতেয়ে। বাংলৈ য়ুনে হনদেয়ে। ইপারি। ইমোমশিংবু লাইজা ঈশাংবিদে। মাইথোং খেল্লাই। মিৎলু মাইরুবিদেয়ে। চৈরৈ মওম থোরাংদে। ইয়োং শুনাৎ কাংদেয়ে। খোঙ কাং ফালজো ফমদেয়ে। শিননৌ মোইথাপ তাপুনদেয়ে। তারেং খোংফাং নাওমুংনাদা কোবৌ য়ুংথাক ফৌশু খোলথাং রৈ। তরা য়ুংথাক চখোং তমা য়াংগেম ফেৎ ফাৎ হাই হুমনা। বাইতৈ নুরা মৈচিৎ থাং। মালেম লৈলাং ঈরা হৌতৈনা। কোন, লিক ফেঙ র্মায় থম। ঋশেৎ খুকল্‌ তারৈথৎ। চৈরৈ ল্‌পাক থাথুম তাং। লুরেল শিংখাই হাং। ল্‌রাক মিৎয়েং, থা, খোংচৎ লৈথিঙহৌ। শাথেক লামখল কিহাই ইন। লৈকাই মিবা বারেম শু। নাওবা মিৎচু বাথাক অয়েং চৈ। ফমপ্রেৎ নোংবুম লেল। বায়াক য়িমমুং কাংখোং চাইনা। খুমাং হোংতা। খুতুঙ হোংতোকনা। য়িমপালপাগীবু। ইপারি। ইমোমশিংগী। চারৈ ফিথোল।

মথৌ লংনবু। শিংঙমলারোইয়ে। ([illegible] পছো) নো মম্বাশিংগী অপোক কুমশিংগী। হৈকৎ লৈহুন। হমন শিংঙমদেয়ে। লৈকাই মিনোক অয়েং চংনা। নকোও য়োংব্রেং। হুৎথেং খোলনা। খোইদো মরা তাও থাম্মোই লাইমন চাও। শমু হকশাং হেদোচল। পাইমা লৌশিং নুংপওলে। ভালোই অতাংবী নংনা। য়িম্বাল প্যাংশোই হেরংনা। শেংথারাপাকিবু। নশাবী ঐনা থৌচং মণ্ডম থোপা দেয়ে। হায়না বারংখিয়ে।

মথংলেলকি। য়িম্বাললোল। থৌদিক মপাও বারং খোলবু। নাচুংদনা পাওথুমখিয়ে। হে ইথংলেলও। নমান কনাকি থৌশিল বাতানাহুনা। অথাক বাহৈ কচক হোনা হাইচৈ শারিবা। কোরো নো পুম অমৎতবু। লৈকাই পলপাল লালনা। খোইনৌ মতারোইশিংগা শিংঙল বারেমনাদেয়ে॥ ইন্নুং কোবা শোইরকপা। কোরো মঙাল চিংথৈ লাবা ফিথুপ লোয়ম। কাইরৈ খোলথাং হম। চেক্রা হাকমবোং ক্ক.ক লালপাও খোলথাং য়েরকপদা। য়াহো হো ফিজি কাংনা য়াহোতম্না। ইমোম নাওরা অথুববু নমদা হুন। চারৈ নাহোং কিশি থমচানা। য়াংকেন খুৎপুনবাইশিং তম। লৈপি বাইতৈ শেং। ইপারি ইমোম

নাওখুশিংগী ৮ ১০ তারা। চপুম চথো চৌর ৫৫ তারা চাকইন তম। নাওয়োক মারাং হৌবাগী শামু হকশ হশে তিনফোং লাইফোং চন্না থবক ইনথাং। শুয়াংনৈরে। থোপাংঙমদেয়ে।

ইপারী ৫। ইমোম ৫ বু। পুয়োক লাংগোলবাসিবু ইমান্নাবা ইরুম কনানা। নাওয়োক নেগাবানো। ঙাইকাক লৈঙে ১০ চাকচাগে। লেমলৈ ঙাগীয়ু। লাউথু চিলপুক ১০ বু পিপুক চিলমেন্নবা থৌরাংলিংঙে। মঙাল কেনে। মানা। মাহানথীয়ে। পিয়ু চাগে লাকঙমবাগীবু। ১০ চানিং থাকঙমদেয়ে। ইখংলেল নংনা। চেংকৈ ললকৈ পুংক্কৈ-বাশুং নংতাবাগী কোয়ো নোংমাগী। ১০ চাকতম্বাশুং। নাওবা পিপুক থন্নাপাকাবু। থৌরাংজাবাদা। বাংপানা মথোইরে। নংগুম্বানা নাওখু নাওয়োক মিংয়েং লা বগী নাক্রুম্বা এবু। অথাক মিংয়েং তম। অয়াক, মীচৈবী অয়েং চংবীয়ে। হাইনা ইনু লময়াই থোঙ থিন্ন মিংলু তাং ইহৌনা। পিজোই থরকচেন থানা। পলেম পঙৌ কোনা। তেংথা নাওইন্না। মিকপ্লবদ, মপারি মমোম ১০না। পালেম মমাগী তেংথা মীকপ থোলবু নাতারবাগী। পলেম নাক্কা চংলাক্লাগা। মামাগী মিকন চেংলৌয়ে। মতৌ নুংঙন

লেংথ খোলবু তাবাগা। লাংবোশিংনা পাল্লেম মগাবু। কোন্থুনা কোরৌ নোংলেল খোংবাশুন্না মিকপলে।

অশুম তৌনা লাইবা। অয়েংং চেংউকপাগী। চবা চেংননা। য়িমপাললোলগী। লৈরক্তাবা নোংমা নোংমগী। অতাংবা মিপা অশিনা। শুক চংলুবদশু। মপাংগম্বা যাবাবা নাহেয়া।

অফংবা ওইজা ওইথক ফংবা বাংপানা মাহন্না। মচা ১০ মখোই অনৌগা ১২ কা লাকহেন্দানাবা লোংনাবাকীবু উমনকতারবাগী। মমাদা য়িম্নালবা ওমনবা শিত্তাকপাদা। পলেম মমাগী মিকপ্পা অশিদা মচা। হলচাও। হনয়াইমা অশিদি। কাংথোং ফারকপাদগী পাথং লেমাল ওইরকলে। অহলচাও ময়াম্বা ওসি। য়াম্বা তোল্লালি। মনাও হনয়াইমাশিদি। পাইমা লৌশিং চাওই। মপা ভতা বানা। মমা অতাংবাদা। য়িমবাল বারক কয়-পাপু। কাওদানা থমোইনুংদা। চেংনা মপুকনিং চংথোলনা তাড়না ফালচিললি

হনয়াইমা অশিনা। মামাবু মপানা বারংপগী। মিকপ মতৌ য়েংউমদনা। ইক ইক কপ্পগা হায়রজে। পলেম ইমা পোকমাবীও মিকপলকুনো। ইয়াম্বা হলচাওকা এখোই

অনিনা। শামা পাংগল চাওরকলে। পলেম পহে। অা কী। থৌরৈ তেংপা গানিয়ে। নোবা ইচিন ইনাওশি বু পুয়োক লাংগোলবগী। অবাবা পনথেং লগন। শিংজগে। পলেম নুংঙোল মতো য়েংঙমদে। হাইনা পাওকংবরু। মপা অতাংবনা। লৈতাবা অবাবগী পনথেংনা কৎক হোৎনবু। নিংনা তেনা। মচা হনয়াইমগী চিংগোই মপাওনা থনোই থাম্বী মৈমুংলে।

পালেম মামানা নুংওন পুকনিং মথাং হৌনা। মিকপ্লম্বাশু মহা য়াইমাগী থুমথোইবা চিলগোই র হৈবু তাবাদা। থমোই উন্না চিকনদুনা মিকপ খোলবাং নেমনা তোকলে। মচা ময়াম নাওবা অথুবাশিং শু পলেম মামানা মিকপ তোকপাগা। হারাও মথোই কানা। মাপা মামা অনিগী কৈবাক ভ ন্দা কন্না কোন্না। মন গন মথা কোন্না কন শান্নজৈয়ে। অশুম তৌনা ভত বা অতাংবা মতৈ মানাও অনিনা য়িমপালবাশিবু। মচা ১০ য়োকপা থাকপাগী হোৎনাপাদা। লৈরক্তাবা নোংমা নোংমাগী লাইরা অয়ে চে লকপনা। কৈরোল লৈকাইগী। মরুপ মপীচা শিবু। লোইনা তিন্নবা ঙমখিদেয়ে॥ মাপাগী নোংদম্না লাইপক থেলাই চায়ামপোকপা তমথীবানা।

লনকৈ দিপুক তংথে হাইনা নোংতম্বা মপুরু পিপুকন্নুংদা নি শি জখিয়ে।

অশুম তোনা অবাবাগী ইপাক্তা তাওরুবাদগী। মচা নাওবা অথুবাশিংনা। ফৈরা তানদা ফম। শমু নমদা কাখংতুনা নাওবা খুদশা মাশিংনা। পঙ্খৌ মপাগী। শমু হকশাংবু কোঞানা। পঙ্খৌ চেংলৌমশক চিংয়েংনা। খোইরুম মোম্লোম নোক। চিলবাল খোইশানা। পাকোমজে। মচা তোম্বা নাওরানা ইপাও। ঐশু চাওবা লেপতম ফারাগা। ইপাগী ভুংইন্দনা থবক কন্না শুকেক্কা পাওহোমজে। মচা খেলৈ কোবা নাওরানা হায়জে। ঐশু চাওবা মাকা ইপাকী তু ইন্না শুগানি পাওথোমজে। ইভোন তেলবা খোমলাংতোয়া। পালেম মামাগী ফৈরা তাজিন থকতা। খোমলাং মাইয়োক্রনা পিপুক থন্না থকলিন্দ্রে। নাওরা মরান্বা না পাগো মপা পোকমাবদা বাহোম্বাদু নাতারাবগী খোমলাং চিলওক থাদোক্কুনা। (ফৈরা তন্দ) ফৈরা তান্দাগী হোচেক্লাগা। ঐশু থবক শুবা চংচেম্বীয়ু। পুচেমবিয়ু শমু নমদা পোবিয়ু হাইনা পঙ্খৌ মপাগী। ওাকালি লুশম কোন্না চেং-চেং কোনশিন্না

নিংঙাই শাংথারকপাপু। অতাংবা পক্নো মপা পোকমা-পানা মচা খোল্লাং তোনগী নুংশি চে লৌ মতো য়েংপাতা অরাবা ইপাকপু কাওথীদনা। থুদকতুদা নুংশি চাক্লা মৈচাক্লা থুমথারাপাগী। মচাবু কোন্দুনা। খাজাই লেংগুল চুপ্লা। চাক্লা নুংশি মিংয়েংননা নাওথেমখিয়ে॥

ইপারী খোমলাং তোনবা। ইচানা শা বা লেপ্তুম ফারাগা। নয়াম্বাশিংগী তুংইন্না। তারা চাপুক থন্নবা খানৈ লোকোক য়াল। লোইমোম ফেরিম কাংচাইনা। লেত্তিম শিংতমপাদা। খোঙচৎ তুংলু তারা চায়োম চগানিয়ে ইপারী খোমলাং তোনগীদি। নথকতা নায়াম্না মরী লৈরা কো। ইমোম নচেমশিং শিংশু লৈরিকো হাইনা শিংনান্না নাওথেমখিয়ে। অশুম তোনা পারী মচাশিংবু। পনথো মপানা নাওবানু তারাগা। পালেম মমা অপোকপী অতাংবীনা। মচা নিপীশিং ৫ দা য়েংলাগা হাইরকই॥

ইমোম লাংলেন হনবী। লাংলেল য়াইমবী লিকখোম্বী মিহেনলুবী। চৎনিংহেম্বীও পালেম মমা ঐনা মাপা পক্নো পোকমাপাগি মথোচানগীবু। ইপারী ইমোম ১০ ফুইচাপাদ তারা চাকথোৎ পুয়োক লা গোল থোরাংপদা। ইপারীশিং

থোদা বায়েল । ইমোমশিংগী শিন্তাক থোদম । হৈঙম শিংঙমদেয়ে ।

নাওথু ইমোম নথোইনা । শামবা নপাংগন শাংবা লেপতম ফারাগা। শিলতাক শিলতম ঙমবা খৈনে। নাওবা মৈনা থুরৌথাং। থোচৎ ঙইচা ইথোংতেল্লপাগী। পল্লৌ মপা পোক মাপাগী। বারক চৈরৎ খোলগীবু। পলেম ন্দু পংচলল্লে ইন্দুং কো-ক্রেক চিংখোঙ য়াকৈথোং তম লাকপাদা। য়াহৌ খোংদোই তমল্লনা। নাওথু ইমোম। পারি থোমলাংতোনগী। ১০ চৌর চকথোংতম। চাকইন ল্লুরোই ঙমলাইঙদা য়িমবাললোল থংথিদারে লাইগী নোংদম কোরো নোংবুম অমতাবু। মঙাল মশেক য়েরক- পাদা। কোরো মাবু পুমেমজঙমদেয়ে হাইনা খোইরাং বারোইরকপপু। মমোম লাংলেন ২ গী মমোম লাংলেন য়াইমবা অনিনা। পালেম মমা পোকমাবীগী। বারোই য়াথংথোলবু পাওহমজেয়ে। পলেম পোকমবীও। ইথকতা শাংপা ইবুং অনিনা। পল্লৌ ইপাগী শমু তুংইননা। থৌরে তেংপাংগনিয়ে ইপুবাশিংশু শামা পাংগল চাউবা লেপতম ফারগা। ময়াম্মা তুংইন্না, পনথৌ মতেংপাগানিয়ে হাইনা মপারি চেংলৌ শককোই চিংয়েংন্না। পাইমা মপুক

ভমগনিরে। হায় খোইবুম সেংতম্বাবু। পুনেম্বাই হাইনা পটে ন ম মাগী মুংগেন চেকমেনজক্লিখিরে।।

অতুম তোনা অতা বী অতা বা হাইব। মতৈ মনাও অনিশিক্ষ মামিংগিংথোল অশি নোংতম্বা মপুকী বায়েল যিমপাললোল মিংথোলনি অতাংবা হাইবা মমাং অশি তাংদুনাতা নৈতে। বারেল থোতম্বা মপুনা যিমপাললোলদা তাংব তাংলাবাদি অতোংবা অচাওবা হাইনা মিংথোল অমাশুং তম্বী থোক্লী।

অতা বা অতাংবী অনিনা। মপারি মমোম তারা মইাদুনা। লাইরা অমসুং হেংনা। নোংমা নোংমাগী শুরু চৎলুবগা। মচা ১০ পু পুয়োক লাংগোললি। চারা চাশিং কোংগাই হেন্না। লাংকোকপিবা অতাংবী অতাংবা অশিগি যিম্বাল্লোল খংথিদরে। লৈতাবানা হেনজিকপানা। যিমপাল্লোল থিরগা খংলাগা মপুনা নোংতম্বা নোংমা নোংমাগি তরেৎ লল থাইরিরক্তনা অতা বী অতাংবা অনিগী মপারি মমোমশিংনা শাম্বা লেপ্তুম ফারগা নুংঙাই য়াইবী মরাং কায়না পাললকখিগিনিয়ে।

অতাংবী অতাংবা মতৈ মনাও অনিগি যিমপল অদি হায়নিংঙাই লৈতানা চায়াম পোকপাগি অবাবা শেংথুং

চাথুংদবা লাইরা অয়েং চেংখিপানা অরাবাগী ইপাকতা তাওরুনা নোংমা নোংমাগী লাইরা চুক্ত:নরক্কই॥ থমলে অয়েং চেংনা পালবনু লৈকাই মীনো: চংনা পালিয়ে।

লাইরাবা অতাংবী হুতা"বা চায়াম পোকপাকা। ইংখোল য়িমংংনাবাগী অহো কৌপা নিপা অমা লৈয়ে নিপা অশি নোংতম্বা মপুগি লাংগুন মিপোক অমানি পামো মপাকী কোলোই মমিংদি লাইপা কৌই॥ পালেম মামাগী কোলোই মমিংনা লাইকবী কৌই॥ য়িমপালবাদা তমজানাবাগী চংজফম ওইরমই॥ মতম কুইনা মাপারী মনোম অমাতারু ফুইদে শাংতে॥ য়িমাল লোলদা তমজানবা চংজফম ওইএ॥ য়িনজাউ কারেল ৫ শাইয়ে॥ য়িম্মাং নাতোন নাথুন য়িমাং শঙ্গোই শাইয়ে॥ শনশঙ শঙ্গোল, শিংথৈশং শাই।

কৈশঙ শানা কাওরেল বণয়াম লোই, লৌরাং থোরাং, লোতম, শিংতমনা, কৈবি কৈরেল, কোংতাই থন লোইমোম ফাহাপ্পা চৈরৈ মারোল লুপাক, তাবুথন, পাললিকোই চাইকোইরুগী হারাই ঙোজা, শারি মরোক, থংপাক মেনমান, মথাক মথুম মরাংতানা য়িমপাল মরাং কাইহৌনা মাপাল্লিয়ে॥ লাইবা লাইরুবী অনিনা শিদবা

মোংদম্বা মপু কোয়ো মুমিৎ খুদিংগী থোকাওদনা, খাম্বী গৈত্রেং থাল মেক্রুক কাংমৈথা, শিঙেল লৈয়াম ছুল, চারৈ ফিশেং শেৎ, তাওজিং হৈরাং চন্না, থৌনিজ-মনগী মপু নোংতাপানা থোচাল ললকুবিরাবাগী মাপান্না অহোং ফংলৈয়ে॥

লাইবা লাইরুবী অনিনা ফুইচাবা মচা অহোংবু ফংহল্লপাদা হায়াউ মথোই কা॥ নুংঙাই মন্নাং হৌনা খুয়োক নাওয়োক চপবু নোংমা নোংমাগী হৌখীবানা ক্রমশং ১০ নি হৌয়াপাদা মপুকী নোংদন থেংফাদবা অহংগ মতম ওইরে। লাইরুবা লাইবা পালেম পম্বো অনিশি হৈরাং নাহেলে, তৌরাং ফকচানানা জনা লোদাঃরক্কলে॥ কোরৌ নীনী মাদা পম্বো পোকমপানা মপারি অহোংদা পাওমেঞ্জখী।

পম্বো মাপা পোকমাপান্দা মপান্নী অগতা ফুইজবাবু তাইবং মিপোকতা ইপারিপি পোকচালমলবু তোন্না খমনুং অমন নোংমল্লগবোইদোঞ॥ কোরৌ নোংবুম খুদিংগী শমু ইহকশাংবু শাম্মা ইপাংগল অব, ইয়োক, ছুইচোকখিবাগিবু থবাই মীরেল মপাল থোকখীরপাক্তি

ঙেং, কৈবী, কাওরেল মশিংংঙ্ঘ, পিস্পুক, পৌশিং, উত্থমনা মঙ্গোল খেলজং শাংদা ভাইহাক চিকক্সা কাইরে রুলখোং ভাই চিংখৈলাপা শাচেল তম, সুখী মেলশাংনি। চিংখৈ লাইয়িম খৌনি পুনেমলৈ, পৌংখোল শুক তুপুম উরকপাদা কাওরেল থাদৈ খৌকোক য়াং। ইংখোল চাইকোই তে পাক য়োংদৈ লালু কাং॥ শাংলৌ মশিং শুথানা॥ শিংকৈ মপুক থন্না॥ কৈরেল হাপশ চিংখুঙ পৈবু পুক কাও ফাশুনো॥ কৈরোল লৈকাই থকশি কারলনশুনো॥ পন্থৌ পালেম শকপাশিংবু পলেম পোক-মাবী পন্থৌ পোকমাপাবু থোকাওদানা চিল্লুক থো-চংকানিত্র॥ য়িমমুং কারেল যম্হোং লাইয়িংথৌ ইমা লৈমলেল য়াফম্বী ফুংগা পাল মৈশৌ লাংগানি। অহোং অচাওবীবু য়িম্মাঙ থোঙলেল ফকতোম ললদৈমাবী শুমাই হেম্লোং মপুং য়াইগি॥ নোংতম্বা অমম অঙাল মপুংকোরৌ নোংপুম থুদিংগী অয়ুক য়াহৌ অঙান ভৈবা, নিমীদাং অমম নারেল চলপাদা হকশাং ইশেং শুথোকনা চৈরৈ ফিশেং হোংনা থামবী মৈহৌ শিংহাপ-তম শিংপি মৈরি খোকয়া, শমু হকশাং মায়োক্সী, মেক্রুক কাংমৈলেনা কম্বী নৌরে থুনা, উচাল মৈরাকংনা থুবাং'

চাংচো.১০ লোয়া খুকনু নৈতাননা শিনবা মপুবু পুনেম-জাগানিয়ে॥ য়িরাল থৌনি অশিবু কোয়েরা নোংপুম খুঙ্গনী কাওকাবমা, পালেম পোকমাবী. পহৌ পোক-মাবী মুনিগী থৌতিকখোল মশাওবু থোকাওতানা থৌ-নিরপাকিপু তায়া চাকথাং করেয়ে॥ হায়না মপারি অহোংপু নুংশি মিংয়েংথাবা কোয়া য়িমপাল পাও-জকাপিথীয়ে॥

অসুম মতৌ নুংঙাবা পহৌ মপা পোকমাবাগী থৌতিক কোলোই ময়াথংবু পাইমা পিবুক নৈচঙনা পাওয়াচারপাপি তোমশাং মাপারি অহোংনা হে পহৌ ইপা পোকমাপাও য়িমপাল লোলকী থৌচং লোলতি মাপয়ে পুনেম মিংলেল খোথোইপাপু থৌতিকাপয় হায়না পাও ইংচাপাগীবু পহৌ মপা পোকমপামা মপারিবু চিংয়েংনা পাওতাকপিখিয়ে॥ অমশুং পহৌ মপা পোকম-পানা মপারিকী পাওথুম হাইজাবাবু পাইমা নুংগী পিপুক নুংচও পুকশেল্লাতুনা মপারী অহোংদা পাওতম্বীরে ॥

পারি অহোংও লোংতম্বা মপুকি শিতাক শিতাবী মিংলেন্দি কুরু লাইওই 'অহলাশিংদা হাইজা নোনজা

চৎচারাপা হুরু মখোৎচানবি কংজবা মিংলেন মহি মন্নাই ওজেইবা ফংবানে ॥ হাইজা চৎচা নোনজাম্রাবদি মহী মন্নাই মন্নাংপানে ॥ পরি অহোংবা নিজা বাহৈ লৈপাকিপু পাইমা পিপুকচংনা খোকাওদনা নাতাজোও ॥
অশুম্না য়িম্বালেলোল মিংলেনবু মপারিদা তাকপিখীয়ে ॥

য়িমপালেলোল কোৎবাদি য়িম অমাদা নিপী নিপা অনিনা অমাত্তা ওইনা য়িমতিন্নাক্তনা লৈপাপু য়িম্বালেলোল কৌয়ে ॥ খমনুং কৌপতি ফযুংপু খমচুং কৌত্র ॥ কোয়্নৌ মোং পুম থুদিংগী শিবা তমলিবানে ॥

য়াহিপ অহুম হিপকনিয়ে ॥ য়াওল অহুম ওলগানীয়ে ॥ ফিথুপ অহুম খংগানিয়ে ॥ অশুম্না হিপপাবু পুলি শাজেন কৌয়ে ॥ হিপপাদা অবাং নত্রগা মমাং ওম্না মোংজম্বা মপুবু পুলেমনা হিপকানিয়ে ॥ অতুগা মথা নক্ত্রগা মনিং ওম্না অমুক হিপকনিয়ে ॥

অবাং নত্রগা মন্নাং ওম্না অমুক খর খোংজম য়েংনা য়াহৌগনিয়ে ॥ হিপ্পা তুমগুন হুন্নিপানা শিপনি ॥ খোমলেল মিরপ খোকলিপানা শিরুপাদাগি হিংকৎপা কৌয়ে ॥ অলি-মিপা খওনা তুমগানিয়ে ॥ শিবা খংলাপা পুনী

মিংলেল শোন্দুনা তুমনিয়ে ॥ অ'শপু পুঙ্গী লৈনি শাজেন কোয়ে ॥ থংনাপা হায়কে ॥

হে ইতাও অশি কোবা কুরুশু নাহাকনে হায়েশি কোবা কুরুশু নহাকয়ে ॥ হাংচিৎসি কোপা কুরুশু নাহানে ॥ লোইনাবা ইচাও ওঃ নমিংপু মিরেল তোংমু- বাপা কোয়ে ॥ থবাই ৫ মিগা থানা ৬ মক মপাল থোকফারোইয়ে ॥ রেঃ (৩) কুক (৩) পলেম ইমাগী শীপুক নাগুয়োমনংদা খোইরি থাও-ওন্নানা শিন্নৌ লশিং তিন্না কোন্দে য়াতাকগুম্বা তুমলাশিকো ইতাও-ওঃ হাইনা পলেম ইনাগী শিওম পিপুক নুংতা খোমলেল তুমকল তানগানিয়ে ॥ তুম্বাদা ঐ তুম্মে লোইনাবা ইতাওনা চকশাঙপম্বা থপেৎচিঃনা তাবা লকপাতুবু তুমকল তাল্লাশি দায়না তকপানে ॥ মতম অদুদা হায়ুম-হায়ুম-হায়ুম খোমলেন তুমগুললসি ইতাও ওঃ শোন্দুনা তুমগনিয়ে ॥

ইন্দুং শোইমা তৈরকপাদা খোমলেল মিকপথোক ॥ অয়ুক য়াহৌ তম্মাগিবু থর খোংশাল য়েংনা হে তমপাক ইমা লৈপাক লৈমাবীও তরুং লাইজা ইচাওনা খ্বাংচেৎনবীও নাচানা ওাশি কোরো নোংদা খোংশালবু য়েক্লা তিংথং

লৈহন্নীগুনো। ইমা লৈপাক্ লৈমাবীবু লাইপক খেলাই অহুমলক কৎনা খোংশানগনিয়ে॥

খোংলোল নাত্তৈ কাংপা উকোকতেন্দা ঙাগনি॥ শুমাই মথৌ পুংগ য়াইপুও স্না পুঙলেল খুরুমগানি চিংখৈ লাপা লোলগিবু পুনশি নুংশাং লৈনিগানি য়েৌবা হায়দি খোমলেল মংতম মাথিরগা মংপাও লিনা তাকতুনা স্না পুংলেল য়াইবী শিদবী ওঃ খোমলেন মংফংতাপাবু মপাও তমচরাপানি॥ মংফংতাপাবু লুমাঙনা মাঙপাগুম মাওহন্নীয়ু লুমথম্না থম্নাগুম থমহন্নীয়ু॥ ফংতাবা পুমবা কোক নংনা কোকপাগুম লোকআপনে॥ খুৎনা কোরতা (৩) লক লাইপকতাবী লুখম লোমদা নান-থোকানি॥ মঙফংতবা কোকপনে॥

হঞ্জিন্দুনা উকোকতেন্দা ঙারাগা নমাই অঙাল খেংগারম ওন্না চিংখৈ শাচেনগানি বাহাইদি॥ হেঃ ঙসি কৌবা কুরু নানাইপু মতম কুইনা পাঞ্জাথকে পিনাবিয়ু॥ মে মঙাং কুরু পুনশিবা নগী নাপুন্সী নশেক নঙাল তরাপাদো ননাই ঐঙোন্দা থচিকতা থাইপিরকও॥ খুপাং চাংজো ১০ লোন্নানা পুনেমজারিয়ে। অসিবু পুন্সী নুংশাং শাজেন কৌএ॥

য়িম ইমুংদা হজ্ঞিন্না মৈরেল ওক্কানিয়ে ॥ অতুগা থৌচৎ থৌরাংগানিয়ে ॥ মৈরেলকী থৌনদি হায়কে ॥ ফুংকা বাইথোম শিঙপুন মৈহো মৈচম কৌয়ো নুমিং খুদিংগা বাংফাদেয়ে ॥ মৈযুংফাতেয়ে ॥ থাশি-নোং মুং হৈতে ॥ অয়ুক্কা নুমিদাঃ য়াচংবাগী কাইদানা থাম্বী মৈরি থোক্কা হৌগনিয়ে ॥ মৈরি থোকলাবাদা চিলশেং লাইজা মাই-তৈরগা য়িমমুং বাঙ্গরম শেংবু লোমলাপকা মৈরি মাইয়োক থাফল্লা কম্বী মেক্রুক নৌরৈখু কমবি থাওমৈ থান্নাপাকা বাহৈদি ॥ হে থাম্বী মৈনং জরাপা মৈশুং-মৈপা মৈও ॥ তেক-তেক মৈয়ৈ মৈরেলও ॥ শিংকুল নোংফাই মৈওঃ শাডু তেকচাক মৈওঃ ॥ হেম্বা পামচাক মৈওঃ ॥ লমবু তাপু মৈওঃ তারেং লাইকাম মৈওঃ ॥ নানাইপু লৌরু চাওপোকপা তারেং লনকৈ বাংতাপাপু ॥ ললকু পিও ॥ পুনেমগনি ॥ নিতাকী নোংপুম খুতিংকী থৌকাওতানা থৌনিরাপাক্কাপু
১০ চাকবাংফাদনা চাককু ললকুপিবানে ॥ কাওফদেয়ে ॥

মথংদা ফুংকা লাইরু ইমোইনু অহোং অচাওবীবু থৌনীগানিয়ে ॥ কম্বী নৌরৈ মেক্র থা, খাম্বী মৈরা কংনা হে ইমোইনু অহোং অচাওবা তারেং লনকৌক মবেম্মা ॥

চেওঁহি ফুরেল ইরিবীও কোরৌ নোংপুম খুদিংগীবু তারেৎ শেনবী ৱাংতাপাপু ললকুবিওঃ নমীংবু স্না অহোঙবী লৈরেল লৈচাওবী কৌয়ে ॥ নানাইনা পুনেমজারিয়ে ॥ ইমাওঃ খুরুমগানিয়ে ॥

মথংদা সম্ভোং অপানবা মকাইফমদা মেক্রু হাপলে, কম্বী নৌরৈখু, কম্বী মৈরা, কংনা পুনেমজাগানিয়ে ॥ হে যম্ভোং অপানবা য়ুমলেনগী মপু ওইবিরিবা হে লায়িংথৌও ॥ নাশাবী চিংজোইবী ইমাগা য়েংক-ওইগা ঙানথোইরিবাও ॥ অমম্বাদা থোদাম্বীবা-অঙানবাদা ৱায়েন তম্বীরীবা নশু হেবুংথৌ হেপোম্মাশিংবু চেংনা নাওয়োকপিরিবা ॥ কোরৌ নোংবুম খুদিংগী অয়ুক্কী কোনথোকপিরিবা নুমিদাংগী চেংনা লাংগোনবায়ু নমীংপু ১০৮ নে ॥ কন্না শিংথাঙমদেয়ে ॥ নাচুবু স্নানা ১০০ রক হন্না ফুদোংলাপা নাচুনা ওইয়ে ॥ লাফু লৈয়োল ভানৌ তামেংৱাগুমমে ॥ নামিংবু স্নানা মাহি ওইনা চেল্লে হায়বাগী ম্না মাহীরেল কৌত্র ॥ য়েথাই-থিনকা ইবু ঙাকপিয়ো ॥ অকাং নুংঙাই ললফুপিয়ু পুনেমজারি ॥ খুরুমগানিয়ে ॥

মথংদা ইমা লৈমলেলদা কস্বী নোরৈখু মেক্রুক থুপলেল থা থাস্বী মৈরাকৎনা রাহায়দী হে ইমা লৈমালেল শিদবীওঃ লুগাং তাপুল লৈরাপাকা পাস্থৌ হায়না পাওকোপাদা পাওখুম্বাও ॥ লুতুং শমজি লৈকিংকা পালেম হায়না পাওকোপাদা পাওখুও ॥ লাবাই হায়ন লৈরকা কুরু শিতাপাব ওইপাও ॥ হে-ইমা ইবেম্মা ফুরেপ লৈমা লুচাউবী ॥ চকপী লাইশম থাও ওনবীও ॥ শেলহিং নোংতার, লিকোল অচঙবাদা থনেংনবী, লৈপাক্কী শোক্লিঙতা য়াতারীবী ॥ অয়ুক্কী কোনথোকপীরিবা নুমি-দাংগী কোনজনবীদনা থবাই হামফোইদা, মীরেল হাম-চৎতানা চেৎন্না নাংগোলবীও ॥ হে ইমাও ॥ কেনাও তারি লাকয়েলতা কস্বী নোরৈখু মেক্রুক থুপইকনা থাস্বী মৈরা থন্না হে স্না য়াইবী লৈমাবীও ॥ কোরৌ নোংবুম খদিংগী খোঙচঙবিতানা নানাইপু অকু অয়েলবিও ইমাও ॥ পুনেমজাগানিয়ে ॥

শুমাই থেল্লোল মপুঙ য়াইদা কস্বী নোরৈখু, থুকলেল মৌয়িরা থাস্ব মৈরা থান্না ॥ থুকলু, লৈতানা থুবাং চাংজৌ লোল্লা ॥ হে শুমাই থেল্লোং অপালবা ওইবিরিবাও ॥

থুমন কুরু পুনশিপা অমমবাদা রায়েনবীবা অঙানবাদা রায়েল থোদাবীবা অমম-অঙাল থাইবাকী মপু ওইরিবা মানাইগী শি্নদ ঘৈথাই থিলকাই থুরাল চিঙ্গি, রাথে লাল থৈচিললক্কদাবা লাংফম পুম্বা ৎাকপিয়ো ॥

য়েক্না কলক কৈতানা পুশী চৈবৈ নুংশাংনা পাম-জাবাব অকু ংহেনবীও ॥ মামিংবু উং য়াইবিলেল চিকথোইবা থোবাই মিরেল পিমাপা কোয়ে ॥ হে কুরু ॥ পান্যক্কাবিয়ে থুক্কমজারিয়ে ॥ পরিও নপা পোকমাপা ঐনা চিংথৈ লাইয়িম নুংদা কোরো নোংবুম থুদিংগি শামুই হবশাংবু ঈরু শান্দেংলকা থোবাই য়াইবিরেল পিমাবা পোকলেল কুরু শিতাপাবু কুরুমলেনা মিংনাই-তাবীব থোকাওতানা লৈরেল লৈপী নমশা থিন্না পামেন লৈনুংশি থোক্ত লাইজা ঈচেল তক্লা, শিংঙেম লৈজুন তম্না কম্বা বৌবৈথ্ন থুশলেল মেক্রুক মৈয়িক তম খাম্বী মৈরা উচাম মৈ থান্না তাওজিং হৈকৎ তম কায়া চু চলনা, নুংবি হিয়াইলেলপু পুনেমগনিয়ে ॥

হে কুরু শিতপাও, পলেম পম্বো পোকপাশুং নংনে। মালেম ভাইপও পালপাগী মপুও। য়াইবি পিমাপাঃ

হুমলেল হারা মঙলিংঙকপা, মিশেমবোং কাইবি মাহুমন্নুং তরং লাইজা খক্তগিবুং লমহৌরকপা হয়া হয়া কৌপাও ঙমিংবু থোইরেল মহি ওইবাও হয়ি হয়া হে হে হে হরিও ॥ পুনেমজ্রোয়ে ॥ অসিপু থোকাওফাদেয়ে। চিংখৈ পুক থরি খিন। লাইজা ঈচোম্না থম হৈপাল লৈপাল শেম্বাকিপু থোকাওকতানা মাংহললোইয়ে। চিংখৈত উৎপুদে পৈফংদেয়ে। চাই কোইন্নুংদা ফেনচিমও নোংপুন খুঁদং নাবনা। হুপাগবু থরাই থোংকাল কোম থোং লোলগনিয়ে। ইংখোল চাইকোই ষমবল চেকু চাবু চনগনিয়ে ॥ লৈপন লাংখোও তনাল তাশোই থমগনিয়ে। লফু লাথাগনিয়ে। য়েনম নাপাক শারি মুরোক, থাংপাক মেন-মান হৌমাইতোজা মংশং মাংকাপনা লৈতৌ লৈকুপ শেম্না য়াগনিয়ে।

য়িম্বাম্লোলগি চৎনা থৌতিক বাপু পন্থো গপা পোক-মাপানা তাকপিপাগিবু। মপারি অহোঙনা পিপুক খোই চঙনা নাতাচারাপগিবু, মচা চেংলৌ নুংশি মিৎয়েংমা থৌতিকপাও মেনবিরাকয়ে। ইপারিও, কৈবি কৈয়েল কৌথাই লোলদি হুমিৎ থাবাল চঙখোলবাদা থাইগনিয়ে

মোংমাইচিং নুমিৎ ফোলাইরেম্বা ফৌওইবীগী মপোক নুমিৎনে। খাইফদেয়ে। ফো কাবাদি ফৈয়ে। শগোনশেন-শুং থাইফাদেয়ে, ললকৈ ময়েং তারকপানে। য়িমকি ম্ভ্গলৈমানা খাইরাপাশুং চেন কো:না খাইবাদেয়ে। ফো খাইলোলবু ছায়কে, কোৎত ই কোৎথোং লোলবাবু থোঙ খুরা চিন্থি খুড়ম চাংদম য়েংগনিয়ে। হে কৈবি কৈরেল ছনবাও। স্নাচিঙকি মতোমদা তা বল ওইনা ফর্মাবিরিবাও। থবাই মিচেলগি মপু ও। শানজিংগী চিংথোঙ-দাগী লে ইমোম ফো খাইচাপে, তরা চনিঙ মপাল থোঙদোই ছুন্না থোকনা চিংথৈ ফিথুপ পুন্দি লৈমিননা। য়িম নুংগু থাং ইফুতা। মিৎলু মাইরু শেং। কাচিন য়াংগেন খুৎশুতম থেনচুঙ য়িমনুং মাইশিংতম। ফুদোই নরা বাইতৈতম। চিলশেং মাইরুতম, কোলদে উৎফেংনা; লাইজা। ঈচামশেংলগি কোলতক। কোক তৈনা, শেংল-থৈদ তৈথোকপা হজাই ঈমেন শোক থেনচঙ উকোকতেনা ময়োক থম লাধক প্যায়া কুপ খাইতম মৈতাল কুপশু হাপা থমন। ফুংগা মৈরেল হৌ। মৈরি থোলাংবু নুমিৎ থুদিং কায়ফাদেয়ে।০।

হিদাক থুদোং খল। তরা ফোগুতম শাংলো মথেল লাংবাবু কাওফদেয়ে। তারেং খোউফাং লমুংনা। খ্বাঙ হয়োং খোউতিংশা। শিন্নাই মাইকাবরু মথোরাংনে। ঈয়োক পুশাং ঈমং কাদেয়ে।০।

তরা চথোঙ তম্বাগীবু হায়কে। চাকথুম লৈরঙ শিগুজা হৈহৌ তম্বদা। মৈরি খোকতারিঙৈগীবু, চাকথোংফু থাংগংফাদেয়ে। মৈরি থোকা চাক্লাগা থাংগংক নিয়ে। চে শুরুমদাইদা চেং চাম লুকতাগী খরা লোরপা, মৈরিকপি মৈজাওবি ও তরা চাকথোঙ তমজবাদা গৌরি ফবি ও। হুফুদাই প্রতক প্রতক কোনশোরেনা শোগংপি ও। হায়না গেও অদু মৈদা খরা ফুমনুঙদা খরা হাপ্লাগা চেঙ শুগনিয়ে ০।

হৃয়ুক নুমিদাং ৱাইশিংলোলবু হায়কে। ৱাইশিংপাদা অহুমনু নংন হুমজিনবীরকও। অরৈ নং মা নুমিং থুদিংগী লৈশিন্বারক ও। হে ইমা-ও হায়না শিংকনিয়ে ॥০॥

ফুংগা ৱাই হাপ্পাদা অখোম নুপী ইমা ও নংনা নুমিং থুদিংগী খোমজন পাশন্বীরকও। হায়না ফুংগা ৱাই হাপ ৱাই খো চিন্না খোমজিগনিয়ে। তকশিনপনিয়ে।

য়িম নুংদা ফদি করা থমলনদি তারেৎ লমকৈ ময়েং তারকই । ললওৎ লৈমা চওহ্নুনা ওৎ থাই থিনকাইপানা অরা অনং চংঙে ( চওয়ে ) । নুামিৎদাং য়াইওং পিক্কদেয়ে। লমাশেং বাইতৈ লাইকোই থমকদেয়ে ঈরা ময়ি লৈনা তৈফাদে । মাকোই লাকোইননা তৈগনিয়ে । নুরা-চফু, শুমচিৎ ( য়েন থুগ ) মরুম থুপ থমগনিয়ে ।

ঈরু শান্দেংবাগী হ'য়কে" হে ঈথেরেল লাইজা ইনুও চওথোলবী' ঈরম ৭ তারেৎ, ঈরম 'অহুম ফাংবি ও ॥ ঈরম লক্কা হুমফুমরি ফাংন ' তারও ঈহৌনা ইচেস্তবী ॥ মলেম পুমবাবু থোমলাং মাঈয়োক্কা লাইজা ঈরিক শিনথুংনা পিনাবীরীবী ইমা ও ॥ ইমাগী পীপুক ঈরোল নুংদা মাচানা ঈরু শান্দেংজারিয়ে শাবু ঈশেংজাবী ও ॥ হায়না থুংফাং তারানা ইকোকপী ও ৩/৫ রক হায়-দোক্কা ইকোক ইরু তুম্না ইরু শেনদেংগানিয়ে ॥ অত্তগা য়োইময়াই নুমিত্তা লাইজা থুজোক্কানা উ হে য়োইমায়াই মালেম অঙান্না ও । ঙাশি কোবা কোন্নো নোংশু নহাকনে । হয়েং কোইরো কৌপপুশু নহাকনে ॥ হংচিৎ কোইরৌ কৌরিশাশু নংনা মওইয়ে ॥ উদা থওদপাবু

থঙহল্লোবা ॥ নংগী নশেক নাঙাল অরা ানা য়াইবি-
রেল চঙখোলপাপু পিনাবিরিবা শিংঙেল অঙাংপা
লৈরাংনা তাইয়োন্নবা নমিংবু লুৱাং স্না হৈয়াই লিক
তরং কৌপাও নাশুনা লাইচা ঈয়োক কৎচারিয়ে ॥
লৌবিয়ু ॥ ল জা পুম্বা কোকপি ও ॥ পুনেংজারি ॥
ঈরু শান্দে লোম্রাকা ঈরুক্রবা লোইবা হকশাং ঈবুম
তৈথোককানিয়ে ॥ লাইচা ঈশোকপানা অন্নুমলক হাই-
দোক্লা উ হে তরঙ লাইজা ঈরৈমাবী ও নশুবা ঈবাল-
জাবানে ॥ ঈশোক তমজথিয়ে ॥ ফিজুম থান্না ঈশোক্কনিয়ে

শুমাই থেলোং মপুঙ য়াইতা হে শিদবী মশাওন পাে
উনম চঙখোল্বা ও নারিক নচুম্না তিনশেং লাইশে নবা ও
কুরুকী নাপা শিঙেল লৈওইনবী ॥ তিনলুক লাইলুক্লাব
লাইজা ঈশেংজারিয়ে ॥ লাইজা থুন্দান্নান ॥ শান্দেংনা প
মেল উথোঙ থুপাক বাইতৈগনিয়ে ॥ খেন্নাইপপতা ননশা
ন্নাগামিয়ে ॥ পামেল উচুম লৈরিক থক্লা লঙজাবা পুম্বা বে
কচগে ॥ পুনেমগনিয়ে লুবাং বুরু য়োইমায়াই পুন্সীবা না
নাঙাল তারাপাবু থোঁকে পুন্সী থাইবিরকউ পুনেমজাগনি

অমাশু হায়কে য়িম্বাললোলকী বাৎফাতানা থম্বাকি
থুংশু থুংলাই নাকাল লৈতৌ য়োং থাংজো চিনাইবা শি

শাংপাই, য়েৎ থাঙ-ওইথাঙ ॥ কপাক থাঙ তোক লৈখুল তোবা, হৈচ্ৰাং, কাটি য়োংশুবী, খলোং খাবৈ, চৈকপ, মৈরো চেকপ, লিরুং তেন, লোংশা ৯ ফাংবা, শামুক, য়োংশিংহুৎ য়েম্থাঙ, খুংহাঙ থাংকোল, চাইচা নাইতিং মাইকোল, ম কে থেংকু য়াই ওইপা ॥ ফৈ ককলেন হোরাই ॥ শংবাই, লুকলাং, থুমুক তাইলুক, চেংলুক মেলুক, উতোং, খারাই, শাইরুক, য়েনতাই পোৎতাই, শুম্বল, য়াংকোক, কোঙাঙ শুক, ফৈরোই ফক, ফকলোং কোনা ফক, চফু চানা ই, পুল্লাং কম্বী, হোরাই কমযুক, লৈরিফু থাওচাফু, পায়া চেপশি লোংলেল তুংকোল লুপাক তাপু, থাওচপ, শেক, ফিরুক, ফিঙারুক; চেঙপোলা, ঈশিন্নু পোলাং লেমখোঙচৈ উনপ পেংপু। উহা, লাংগোল লোংথুম, য়োৎথাংলি, হুমলি, য়োৎ চৈ য়োংথোল ৰাইথুমিৎ ॥ খোংকাং ফালজাও, ফালতুপ, য়েপাফকুলেল, লোংঙা চৈপুল, উপল চৈরোং, ফৌইনচেপ শোক, হুমাই, কাংকেৎ, নিংচৈ, মাইখল হুমাই শোই উরোংশুমচিৎ য়াংগেল শুমচিৎ খেরে লমবু, তাদোল তা, শমু লাংশোই, লিচৈ

তোব্লাল, কাংহু কিংজল, বাকু চৈগু, শিনৌ উপাল থাবা তুবী নৈমা কপ্রংচাশ নৈপল কোইথাবা, হাই- রিবাশিপু পন্থৌ নপা পোক মপা ঐনা রাংতা পাদানাপাগী- পু, পেংলি পোংথম খঙনা থোশিচিন্না কনিয়ে ॥ মাওফাদেয়ে ॥ বাংকাদেয়ে ॥ থংঙজানা পুক কাওকুনো ॥

থমমু লোংশা ৯ ফাংপশিপু য়িমমাং লোংলেল থক্কী য়েনকাই শনদংথা ম চন নোংপোক ওন্না থমলাপাকিপু য়েক্কা তিনমু লাইমু চিকাপ্পা য়াইকাপ্পা হিংঙা য়াইম্বানা চংক্কাতাপনে ॥ রাহ ইদি য়্যাংগোই নিংহৌ মথুংশু য়াঈঙইপা লো শ ৯ ফাংবা ও নংনা য়েইমোংপাকী মশাই কোন্দা হিংঙা য়াইতম, তিনমু লাইমু চিকাপ্পা য়াইকাপা চঙলকপ খৈপিকপু নংনা ঙাকপিয়ো নমীংপু, লোংশা রাই ৯ িনাপ্পা তিনাচিপা কোয়ে ॥ হাইনা য়েনকাইতা লা থাক্কানিয়ে ॥

অম শুং হাইকে য়িমপাললোল কোপাতি ক ওরেল থনাপোং পোংমা, কাউরেল বনবী পোংমা থনর্ব থন্নাও চাত্তা নাওত্তা হনকানিয়ে ॥ কাওরেল লাপা পোংমানা থালে লোপোইকাপিয়ে ॥ হিংকোল চাই কোই নুংকী

থোৎলেন নৈওৎকানিয়ে ॥ কোরৌ নুমিৎ থুদিংকি মহি মনমুং শেংনা বাইশিং লরশেংশানিয়ে কাওরেল কোন্দেনফারোগয়ে ॥ মনওক মনকাবকপা থুদিংগী মতু মনান খাংতুপ শাড় তক্লা লৈখাম থোইজু বাইশেং কস্বা নৌরৈথুনা থাম্বা মৈওরুগানিএ ॥ অসিপু লুনা তোরাপাকাপু নোংতম্বা মপু লুবাং কুরুনা থোচাল ললাকুপীরাবকীবু কাওরেল মনকোল থল্লা মপি পিপানে। তোশা লাংকম অপাইপাপু, মথৈথিপানে। লংচাপা পুম্বা মাকোকপিবানে। নোংমা নোংপুম থুদিংকিপু মমনুং বাইশিং লমতৈপন্ত মন্থ য়াওনা বাইতৈচারপাকিপু য়িমশেং কৈকশে চারাপনে। কাওফাতারাপতি ললনৈমনা ললচওপিপানে। বাহাইদি, লুবাং কুরু পুনশিপাকি, কাইরেল মখল লাংপাশিংও। মচিক নাবাই চাক বাইপংকিপু, মাকচাও নুংশিং হোমকোই কাফাদয়েন তিনচও নাচও লাইচওপান্নু নৈখাম নৌরৈ কংপাকা মাংশুনো। লুবাং কুরুঙ্কি ময়াথংনে। হায়না মনপুমখিপিক মৈ ওকপিকনিয়ে। পুনেমকনিয়ে। থুরুমকনিয়ে। কাওফদেয়ে পারিও। চেৎনা থাজনা, পোকাওদনা, খোচৎচাও ॥০॥

তাওবা হুইনা অহিং নুংথিল থাকহনা থোংনাং থোংগোকনাপাক্কিপু নোংতুম্বা য়পুকি রায়েল শিঙ্গা শাইফত্তারাকীপু নমু আইপং মিওপাপু তাওবা হুইনা কৈত্তা শোইখিগানি হায়ুনা মপুক্কী য়িমবু চেৎনা নেক্না তিংথং ভুরাল চিংসি মঙাক্কলিপালে। ভুরাল চিংসি তিনমু লাইমু মচেঙপদ মপাব মতাকলিপানে ।০॥

হৌদোঙনা য়িমনুঙকি থরম্মী মিশেম্মোং কাতাক্না মচাথোকয়ে। মতিন মকাং লিলচুমবু তাক্কদে। চঙফাদে হায়পকিপু চেত্তানাংনক্কিপু মঙাক হল্লিয়ে। য়িমমুং মনুংগী থাগোইপা খোইয়ুম ফুংত্তাপানা মিৎয়েং থারকপাপু হুই হৌদোঙতা মথোংথোক্কপাক্কিপু য়িমপাম্লোন্দা, য়াওনা পানমিন্নাম্লনে। অদোমা হুইদি নীমাঙ থরাপাবু মিথোঙ মিথিপানে শাম্মাঙথিরাক্কিপু শাখোঙ মরি মথিপাপু মঙ-ঙপানে। অশি তাকাপ্প তকপিরাপক্কিপু তাওবা হুইনা থোইনা মকান্নেয়ে। মমিংবু তাওপা হুইরোই পাও কৌপনে থং—ও ।০॥

অমঙ হায়রেবা হুইম্নালোল কৌশাতি রিম অমকি য়িমপুকনুংতা, নিপী নিপা অনিনা য়িমাতিন্ননা-পালমিন্নাপ্পা

পুকলেল খোইচেল, লিঙজেন (লিলজেন) তিন্নানা পান-মিন্নাবাগৈবু য়িম্বাল্লোল কৌপানে। পোৎপা হাঙনা মামাতা (নৈপাবু) লৈনপাকিপ্প য়িম্বল্লোল কৌতেয়ে। নি-পানা পাল্লাগা থুযু পাগ্র য়িম্বাল কৌয়ে। মারা তাতেয়ে ।০।

নিপীনা পালপাকিপু মোইথেম নুগ্রা য়িম্বাল কৌয়ে। য়ুমবুম মরাঙ হৌনাইয়ে য়িম মশা পাম্বা কৌয়ে, মরা তাওয়ে থং—ও ।০।।

নোহৌননা পাপোৎ চাং কাইতানা পালা মীন্নর-পাকি। নোংতম্বা অনক্তি লাইয়িম থেৎফাতাপাকিপু, পাপোৎ শেংথানা থমলৈ অয়েৎ চেংনারাপাকিপু থমলৈ কুমথিরাপাকিপু। নিপানা চাতা মাও তারমতানা থমলৈকু মলাপকিপু। নিপী নুথ্রা (লুথ্রা) বী কৌয়ে। পাংশোই-য়ে, মপোক্কী হোরৎলে হায়বা থং—ও ।০।।

নিপীনা হান্না থমলৈ কুমথিরাপকিপু। নিপানা, পোৎপা শেংথাপকিপু পাথ্রা মকৌয়ে। থং-ও য়িম্বাল (শোইতাপা) শুতা শোইতদপা কৌয়ে। তাইপঙ মিপোক পাকি লাংগুনবু তোংজাদেয়ে। মহৈ য়াম্দপা মহামশাংপা কৌয়ে থ —ও ।০।।

অমশু হায়কে য়িম্বাল্লোলদা নিপীকা. নিপাকা অনিবু চা তম্লাপা ময়াম্ভেয়ে । নিপাতাকি নিপীনা মতোন থৈয়ে নিপাদি অহাম্বাগীপু থুংলাম থমপু হোরংখিপাকিপু য়েমশাং চাকলেম থাক মঙইরাপানে । পিতোল্লে হায়না মঙাকনাপানে । নিপামক ওইরাগাশু মপোক্লা থোরাই মিচাক চঙথোনলগা মপোক ওইপাকিপু, রানাই মশাঙ ময়াম্বাশুং চাকোক নিপা মফঃচাপগীপু । মরোথংনাপানে। লোকম ফংতারাগাকিপু । মরু অমঙপা হোরাপাগীপুঃ হুন্দোকততাপানে ।।০।।

অমাশু হায়কে নিপা তোম্বাদগী তোনবা নিপীগী মিপোক্লা মতোল্লে । অতোম্লবা নিপীশিংগী অরেমজাবাকি-পু মতুং তুংইল্লানা য়াথং থৌতিক থোলপু লোচাম্লানা য়িমপালিবা অতুকুম্বী নিপীতুকি মথক থোংবা লৈতেয়ে। নিপাগী মরুম থুপনা য়াথঙ কাইত্রবী অদুত্তানা মহেল্লাবনে। নিপীগী মরুমচং মবাহৈতি ৫ (মঙা) মাথোকপানে। নিপী চরোই, নিপী কাক, নিপী চোঙঙা, নিপী শকহেন. লমকেং লমহাই লিতাওবী, নিপী মতু, মমানে । মহাই-নপাকিপু থাইনা হায়কে । নিপী চারারোই (চারোই)

কোবীতি শিন থুংনা থৌপাং ঙমচৈয়ে। থৌরম খিপিক্তা থৌনংজৈয়ে। মহাক্না তৌপত্তনা থেংজবা মথোনা মরোশিং মচিল মবাই শেকপী শেম্বা ওমনা মথোনা মরৈজৈয়ে। মাথোনা মনা থানিংমনপকীপু মথ লেনকী য়াথং ঙাইদবকীপু হেনমম্বাকীপু ইকাই লংজা মতোইয়ে। অশুম তৌনা য়িম্বালপকিপু নিপী চরোই মকোয়ে ॥০॥

নিপী কাকী য়িম্বালে লদি নুং ঙালফাং তরিঙৈকিপু য়াহৌ থোংদোই ঈহৌনা মবাক মপাও চাওশাকিপু চৈরোইননা, কামজায় হুন্না, য়িমথুং কচিন কোইয়া, য়েনখা; য়েনখুন, কোইথু ননা, মরাহৈ বাকচোক য়ৈ-শাপকুম, (খিংপাশুম) মোম্মী থোংলি মথৌনা উংপকুম্না, শুরম, চৎলম কামজাও হুন্নামলপাকা, লৈকাই পম্বাল লান্না থুম্বক খুনথা কোইচৎ লুপাকিপু মিবা মীপাও লৌহৈ হায়হৈ নিংমনবাকী লৌচান্না, বালেম থোলেম পুম্পিলক্না হুমিৎ চকোৎ মুংখন্নারাপতা মরাল ওম্দেরক্না মথংলেন্দা মথৌনা। অদু শানা ওইতা মবাহৈ শিংপুল লিরাপকিপু থুলপুবী য়িম্বাল মতু কাক মকোপানে ॥০।

মিপী চোংঙাকি য়িম্বাল মবাচদি, থবক ইমথং খৈপিক মাতা শুতানা অশুম শানা থৌপাইরপাকিপু

থৌপাংঙমত্তানা নোংলেন নাপাকিপু থৌনেক হৈপী মথক থোং, মথা থাপাশিংপু থৌশুহন্না থৌ শিজিন্না হৈবী মখুৎ মখোঙ থৌয়াওদনা মবাহৈতনা মথৌ তৌপী মিপুম খুঁদিং থৌনেক্না মিবা নাচুংতানা পানবীপু মতু চোঙঙাবী মকৌয়ে ।।০।।

নিপীশাকহেনপী লমকেৎ লমহাইপী লিলতাওবীকি য়িম্বাল্লোলদি অয়ুক ঙনথেঙ য়াহৌ তা শকয়েন চাকয়েন। মিংশেল থোং, শমনাং মাইকোই হাৎ, মিংলু মাইরুতম অঙাশ বাখোং লোলনা য়িমযুং বাইরম শেং, য়িমযুং মবাং হৌনা থৌতিক বায়েন তম, মকু মনেম তুংওইনা থৌথা বায়েন্না চাদাশিন্না চখোম চাও, উর্দশিন্না মিংলাও চঙ, শুদনা অশু শিন্থানা। শাগোল মমাও পুঞ্জাও পুশা মালং মমাও শিন্নৌ লাশিং কাপ্পী নমথাং লুরোই মাই-থুম শাথেক, শামমু খ্বাঙনেৎ নিঙখম ইন্না থোঙচং থোঙথেক থেকচংনা কনৈক থনেক থনাক শেং, ফিরৈ কাত্তি শা অথোই নপল হৌনা য়িম্বালপকিপু। নিপী শকহেন, লমকেৎ লমহাই, লিলতাওবা কৌয়ে ।।০।।

নিপী মতু, মমা কৌপাদি নোংমাকি কৌইরৌকিপু চিং-খৈ লাপা ফিথুপ হূল অয়ুক য়েনতা মাঙকিপু থোমলেল মি

য়াহৌতন্না ফুংগা মৈহো মাইশো লালা ৈরে কোকখু ইন্না ময়োক তম, মিংলু মাই লু শোঙ খোঙচিন নাতৈ কা, পান খোঙদোই হুন্না, শামু ঈশেং খোক অঙাল পুল লৈনি পুনেমনা য়াংগেন খুংপাই তন্না খেনচঙ লৈমাই শিংয়িমমুং ৱাইতৈ লমশিংনা, শু াই খেল্লো পুঙমাই চ খুনান ৱাংতৈনা। কোল লিক কোনশেং তম ঈচুম ফিকংনা থুচেং ঈশোক তগ চংৱী লাশেং থক্কাপ, চিনশেং পয় মৈতাল কুপশু থুমকুপ কোতেন নং থুম ফি শেংমাইতে থম খেনচঙ কম্পা নৌরৈখু উচান মৈরা থান্না য়িমমুং ফুংগা মৈরি কম্বী নৌরৈ মেক্রুক ওক্রা (ইমোইন্দ্র) লাইয়িংখো ষাঙ হনবা লৈমালেল শতপী নৈ বৈ ফম্বী মাইয়োক থানা ষিল্লাল পুনেম খৌনি তম মথংলেল য়াহো ঙাইরো মাইয়োক থাকম হা হৌনা য়াইকা মচৈ থাফগনা খেনচঙ ফমমেন ফক-ভাম ফকপান থাফম চিনবাল কাংমৈ থুদোং খল, পুনেম ৱাহৈ নোল্লুক হিক হায়না থুদোং চেপফান খোখন্না অয়ুক ফৌশু চরা চেঙঙৌ তম। চেঙাহ শমখোঙ শং লাইজা ঈফুই শান্দেংনা ঈরি ঈশেং ঈশোক্রা। থল্লো উলেনবী শান্দেং ঈচুম থকশেংনা, চৈরৈ ফিকং

হাং অঙাল পুমে মলনি। লৈখোঙ নমশাথিনলনি। চৈরৈ কোকশেৎ থাং তরাচাথোঙ তম শাৎলো লুকোই লাং, নোলুক ফুংগা চাকথিলজা; কোলোই চাক পাঙকং য়িমযুং চাকথুম তনান তামেং থমনা মরু মকো লুক থোরেম খোঙদোই লৈতানা ঈয়োং শঙতিং ফম পাৎয়োং চাকমেৎ লংলতি: শুনা থরাকথন শুমা খোনেৎ কুদোল· কাও, শুনা কারল লাক পাওঙাল্দেন হুন্নরৎচাক থ্রিং ল'ওবা থোঙ্গেন্না য়েৎ ওই ওক্লানা মিকূপ ইনোৎ কাংদানা মিংয়ে' তেনবাল চুরীবা থোঙ কাং কালচাও থাও শনম থোঙ চৈরৈ ফিশা তেমথোঙ ফিচঙশা; অঙান তারৈ নারলচল হিমযুং লমশিং লমশেংবা ইথোম রাইতেন্না ফুংকা শিংচল মৈরি হৌ কম্বী থাওমৈ থান, কমবা নোরৈ খোইজু তোলোঙ ইক, মেক্রক থুপকুপ থাউচান মৈয়া চন্না মৈরেল থোনিতম, ইমোইনু, মঘোঙ লাইনিংথৌ, ইমা লৈমালেল শিতাবী ফকতোম মিকু লেম্বী, শুমাই খেলোল উলেম্বী অমম-অঙাল নোংতম থাইপাপু থোকাওতানা পুনেম মৈরা থান্না থোনিরাপী, নিমিদাং শংলৌ মথেল, লুকোই লাংনা ১০ চাকনিং থাকনা চাখোং তমলিবী, চারৈ ফিশিল হোংনা, খুদোং

কাংমৈ লাংজাবী, ফমুং মোম্দুম থৈচুপ মরোল ফিদাই কাংনা ফমথাৰীবা তারা চাকচা লোমলাপাকাবু, তারা চাক খাক, লুথাক তম, চাকুম বাইশেং লৈমাইতে, থুচাম চাকুম কোমতা মাহৈথা, কোলিক চানাং লৈশেংনা লুথুম নিঙোল কা থম্নানা, য়িমুং তানান তশেংন্ন', উরু ক থুতেং মাইপাকতা খোংহামনা, খোংহাম পুন্নাং ঈ হৈনা, খোংনম থুদৈ চন্না, মথলেলপু খোংচাম লাইগো ঈশেংচানা খোচঙচারীবী অহিং কোংকাই মচেং হোনা তারেঙখো ঙক্কাং নাওয়ুঙনরীপা তুক্ন্না নুপীনা য়িম্বালপু য়িমলৈমা য়িমাক মপেন্মা মতু মমা মকোপানে খং-ও ।। ॥

পারিও অমশু হাইকে । তাইপং মিপোক্তী নোতন্না মাপুনা শামু হকশাঙপু শাপাকিপু থুংশা, খোংশা, থুংপি, থুংনাও, থুভোম্বী থুংম্নাই থুংনিংথৌ ৫মক মানাতাপাকুন্না তাইপং মিশুং মান্নাতাপানে ॥ নোংতম্বা মপুনা তাইপঙ মী মাঙদা থরাই ঙেংঙা থুকম লেংফতাপা ৫ কা মিরে-লকা থানা ৬ মক চঙহন্না খংহলালিপাপু পাঙকল, লোশিং মৈরা, থালহল্লিপাতি কলক কলজাপানে, শুনিং চংনিং লোশিন খোংচিননিংপানে ॥•॥

পিথোক খোৎতোকনিংবানে ॥ শুচৎ খোইচনিংতাপা কতন চঙপানে, অরাল অহুই নিংতাপানে ॥ শমু ঈহক চাংতা য়িমফম ওইনাপাকি মচৎপানে ॥ ৬ মকী য়িম্বাল-লোলদি, কলক কলজাওপাতি পাংকল কলপা, থোনা লৈপা তোবা হমবা মিপু মিথানা তাপা, থকশি খাশি নাইতাপা মফাও হতুং নাইতাপা, এতানা থোশিল্লকা মফারে হায়না অথোই নাপল কানা হাইনা হুমনা পাল্ল-পাকীবু কলক কলজাও য়িম্বাললোল মকোপনে ॥০॥

শুনিং চৎনিংপাকোপু য়িম্বাল্লোন্দি, থোচৎপুম্বতা মিওইপাবু ঙাইনাপা নৈতানা মাতা মচৎনিংবা মচৎচপা থোশু পুম্বতা থোতানা মাতাচানা মশুজাবা, মথোশুরি-ঙৈকিপু, মিতোপকী মথোবু মাতানা শুনাপাকী মথো লাংপাগুম্বা, শিল্লোং থংদানা পুংশুতা শুতানা পালি-পাকিপু শুনিং চৎনিং য়িম্বাললোল কোয়ে ॥০॥

লোশিন খোৎচিননিংবা য়িম্বালোন্দি মিকী মপোংপু ইপোং ওইনাবা হোংনাতুনা লোশিনতুনা মপোং ওইবা মিকী মপোংপু মানা লোনাপতা মথনবা কৈরোল লৈকাইকি মপোংপু লোথোকলাগা মাপোং শপা,

লমহাংতা মিকী মিপোং লৈপাপু মাতানা মরোশিনবা মিকী অচাপোংপু লোৱাকা মাতানা মচাথোকপা, থবক মথৌ থাদোক্লাগা মিপোং লৌশিন খোংচিন্না হুরান্না পানবাপু লৌশিন খোংচিন্না য়িমবাললোল মকোপানে ॥

পিথোক খোংতোকনিংবাকী য়িম্বাললোলদি মচা পুং পু পামুবা লৈতাবা পিথোকখাগা ঐকি লৈহোরারোই রথল লৈচঙতাপা' পিথোকপা, নিরপা খিবিক্তা মপোং লিকতাবা পিথোকপা ॥ ঐনা য়াইফা নুংঙাইকতাপকি মনুংতা মিনা নুংঙাইখিশনু মথন্না, পিথোকপদা নিংঙাইবা লৈ মপুক লুথুপ লুকোই লৈতানা পালবাকিপু পিথোক খোংতোকনিংবা য়িম্বাললোল মকোয়ে ॥

শুচং খোইচংনিংতাপা য়িম্বাললোন্দা ঐ অশিতা শুদ্রাপা লোইরে ॥ ঐনা শুবাগী মনুংতা মিনা শুরনপাকী থৌশিন্না মিপু শুহনবা ॥ মশাতাকী লোথোক্লাপাতা মথনবা শুদাপকী অহাও অথুমদি মচানিংবা, শুদনা চারাগা মরোইরে থন্না মশা কতন চঙনা পানবাকীপ শুচং খোই-চং নিংদাবা য়িম্বাল মকোবানে ॥

অরাল অহুই নিংতাবাকী য়িম্বালোলনি মিগী মী-পোৎপু ইপোৎকুম্বানি লমহাংতা তাপাবু মিনা লৌখিগানি মাংখিগানি, মপুথিদানা শিন্নবা তঙ্কুম্বা, মতোমতাকী মথৌনাতানা নোমজমনাকিপু পাঙ্গাবা ॥ কোরৌ নোংমাকী অঙন য়াহৌদাগী শ্বর য়েংনা মালেম নৈপাক লৈমাপীবু খুৎতোন শোক্না থেলাইংক কংনা থোঙদোই তম চিংথৈলাপা ক্ষিথুপ তমকি পুন্সী নুশাং শাজেল লৈনি-জানা। য়েনখা য়েনখুন, কোন্থোং কোংয়া তারু তনান, শিং শেংনা, শামু হকচাং ঙশেংচোক্না, তিনশোল লাইশক কাওফতানা, মিনম বাহৈ তুংওই থম, বাচুম শাচৎন্না চৌজিক্কী কোরেলগী ১০ চানিং থাক্না, শোইখিগ-নি লানখিগানি থন্না পানবাকীপু অরাল অহুই নিংনাপাকী য়িমপাল মকোপানে ॥

হাইখিরিপা শমু মহকশাওপু থানাপা লৈত্তানা, চাপা থকপা ঙপা চৎপা কমবা লেপ্পা তুম্বা কিপ্পা ওাংবা চৈপা শকপা শোন্ব খিবক্তা মিরেল তোং তোংমুবাপানা কৌইরৌ মোংপুম্মকি অহিং নুংথিল থাইতানা শেল্লাতুনা অঙ্গি লাইবুম কোরপেক থানা তাইপঙ মিপোক্লকপাকিপু

থবাই চেংঙা খুফম শয্ মহাকশাংকা খাইনাশোম্বা কাওবাকিপু, মিকুপ মাহুম পুঙচা কাংঅনা ॥ খোংনে য়েকশন্না মথমক্লিপানে ॥ মিরেল তোংমুবাপা য়িমপাল-লোল অশিপু কাংফেতানা লংচারুপা খুরাল চিন্তি, বাণি, বানাষ্ট, মিনম অয়োল শাচং, মিফা মিপুন ফংতাপা খৌরম খৈপিকপু য়েকশন খোংচলাখিগনি নোমল্লাপকা ফংতা লম্বী চেন্দুখংনি, ফংতা লংচাপা য়িংফংতা চংঙুকনি ফংতা মপোকতা পোকলুখিকনি, হাইপপু কোরো নোংপুম খুদিংগা মিকুপ পুংফা কাংফাতানা খোকাওবোইতাপানে ॥ য়িম্বাললোল খৈপিকতাকী মিরেল তোংমুরাপাকী য়িম্বাল্লোলনা মথো ঈরাপানে কও-ফাতাপানে খংও ॥

অমাশু হায়কে পারিও মিওইপাকী মপোকতা লিচং শাজং মরাইহেপু ৫ য়োক্না মরেপানে অদুদি মিথি-বোং মিতম্বাস মিউংপাংদা, মিমানু; মিহিংচা তাইপং মিপোকতা অখোইবা অহেনবা ॥

মিথিবোং মচংতি থবক চংলম্ শুরম খৈপিকতা মখৌনা মিয়িংচেল ফুতোকফাতাপা মঙুনপাকী মশুপা।

লোইবা মাইদাবা, গিপু মিথোঙ মহেলনা শুগে চৎকে মথন্দনা মশুবা অউল অথেং নাইদৰা থৌরম থৈপিকতা মী মান্নপা ওমদবা, শোংথাবা থোকাই নংদবগী ইকাই ইকি লৈতারাপাকিপু মিথিবোং মকোপানে ॥

মিতম্নাল মকোপাকিপু থোদাং রায়ল থৈপিকক্তা নাত্রা শেন্দ্রানাপা, থৌতিক্ক রারক রাচান্দপা, নুমিং চুপ্পা মিঙা মিশা লাংপাকী মশরুকতা মওইপা ॥ থৌশু থৈপিকতা উয়ুং রিম্না ময়ুংপাকী ময়ুংপা মরোপ্পা মরোশিং লোম্নাপাকীপু মিতম্নাল মকোপানে ॥

মিউংপ তা কোপাকীপু মপুথি শোইরোম্নপা অকাবা হাইবাকীশু হোইয়া মফবা ফৎতাপা হাইপাকীশু হোইয়া মফারা, মিঙমতাপা মথাথাপাকী ময়াথংপু হারাওনা ময়িম্না, নাওবা অমাকীশু মচৎপা, মপুক রথল চঙতাপাকিপু মিউংপাংতা মাকোপানে ॥

মিমনু কোপাকীপু থোংতানা চিকপা তাওবা লুইকুম্বা লাইরেল থোইজা তোনা য়ৈপাকুম্বা, মিকী মথোইজা শিক্লা মরাহৈ য়াকপা মিওৎ মিনৈপা মিওইপাদু অমশুং

মিমাং থাংগুমদনা গিওৎনা কাংকোং চাইনাপা, মপোং নৎতানা মিকী মপোংপু লৌশিলগা মাগী মপোং শাতুনা শিজিন্নবা, অচুম্মা মন্না:হৈ হায়দবা, ম্রাফে কারল হাইজিন্দনা মি থৎনহনবা, মশাতাকী গুইজা থিতানা মচংপা, য়িমনুং মনুংদা নৈরে থাবৈ হরা শানা মিচৈ বায়েল চংনালোলকীপু গিমতু মকোয়ে ॥

মিহিংচা কৌপাকীপু ॥ মিনুংশিথংদমা, হিংচা য়াইতম্মাগী শাচংনা মিপু মহাক্তানা মথোইপানি পুকথলনা নন্না নন্না লৌশিন খোচিন্না মাংহনবা, মিয়ামবু গতোমতাকা মরৌশি না গুইত্তাপা মব্বাহৈনা নমজা নমথেক্কা মগুম তম্মা মিয়ান্নগু মাইগুক রাহৈ হাইনিংতাপাগী মানা মগুম হনথাব্বা অতুগী অথোই নাপাল কানা মিয়াম্মা ঐপু কিরি-পানি থন্না লৌনিংমনব্বা তানা মপুনশি লেম্মা চংপাকীপু মিহিংচা য়াইতম মকোপানে ॥

পারিঙ অথোইপ: অমাপু হায়কে নপুক থোইচঙনা নাতাচৌগু ॥ য়িমপাললোলপু শিংথানাপা মগুমপা-নত্তোয়ে ॥ লৈ তম্মা মাপুনা য়িমপাললোলকা তুরেল লৈঙোইকা অকুপ্পা লৈঙোইমক পান্দপা শিংথম্নানাপাকীপু

য়িম্বাললোল্ল. মাহেল্লাপনে ॥ হাইপাকীপু হোংফাতরাপা ময়াথংনে ॥ য়িম্বাললোলনা মহেল্লাপানে ॥ অথোইপা য়িম্বাললোল তাইপঙ মিপোক অথোইপা অশিপু খোই-য়ুম লাইশিংনা তাইপঙ মিপোকতা অমুক্তা মিপোকহনবীয়ু হাইপাকিপূ নোংতম্বা নোংতম্বামপুকী খুয়া থাতা নংজা লাইনং পায়ে চেংোরাপকীপু পোকঙমদনা ককচেং খোইয়া মঙইনা মপোকলিপানে ॥

তাইপং মিপোক্ক হললাপাকা নোংতম্বা মপুকী বায়েল মথৌত্তিকপু পিথা লাইয়েক চঙপাকীপু লাইপক খেল্লাই তাখিপাকি খেংফাত্তাপানা পুন্সা চেংজেল শাংহন্না ভেনংন্ন। অমল শিংকুমহল্লীয়ে ॥ অমুক পোক-লাপাকীপু অমুক অমল শিংকুম্ব অশিপু চেনফাত্তারাপানে॥ অশিপু মপোক অশিপা মকোত্র ॥ পুন্সি খোইরেল লোম্ল পাগা অমল শিকুম্বদি শিপা কৌপাতা মাপোক শমু মহকশাঙপা ভুনথোক্লম্নবা অমুক থাবাই মানা য়িমঙ্কম হোংপাকুন্না অনৌবা মিপোক তানবানে ॥ হকচাং পোংখঙ অসি মাঙত্তাপা থবাই চেংঙা কৌপাদি শিপা মলৈত্তারে ॥ ওনথাং ওনশিল্লানা মাপান্নারিপানে ॥

পোক্লাপাজি শিরগনি হায়পকিপ্ থৌকাওতানা মথক থোংপাশ্ থৌখল বারিশিংপু্না, ওঝা কুক্ক খলনা, ঝায়েল পথাপ কাইতা য়িম্বাল্লোলপ্ মখওজনা মচৎচরাকিপ্ নোংতম্বা মপুনা থৌচাল মরলকুবি লমচিং মৈরা খালনা থৌশিংখীতানা তফাপা মাপোকতা তানফংজনা মপোক হল্লিপানে ॥ নোংতম্বা মপুবু ন্নমিং থুদিং কাওফাতানা মতম হাইনা থাইরিপা অহুমমকপু থৌকাওতানা মচৎচাও ॥

মাচা পোকচাপাকী লমন য়িম্বাললোলবু হাইগে ॥ নপুক চংনা নাতাজৌও পারিও ॥ পম্বো মপা পালেম মমানা মাপারী মমোম ফুইরাপাকী পোকচাপাকী লমনবু পম্বো মপা পালেম মমা অনিমা নাওয়েক লমন তোল্লা নাওয়োক্লা লমন মাশীংলিপানে ॥ মচাকী লমন শিংপা লোম্বাগা লোল্লা ন্নমিং তত্নগী মথৈ মচানা পলেম পম্বোগী লমনবু অমুক তোলশিললিপানে খংও ॥

মপারী মামোমগী লমনদি মাপাগি মমোম পলেম মমানা ফুইপাকা ঈরু শাম্বেং থোইরি নাওকম লেলকন্না পম্বো মপানা নাকোং লিথুল হদা শিদবা মিংলেল

কাম কানিয়ে ॥ হুমনি খোমদিন লাইয়িপাল ৫ নি থাবাই চওখোম্বা, ৬ নি মিরেল ককলোকপা য়িপান থানা অঙ্গো মিংথৈলেন পিনা অজি লাইখোং থৌনি লমন চৈনম ফাদনা মপু গানা মাইকৈ ৪ থক থাকী লিকাপ তেন-কাপ্পা হিংচা য়াইতম্বা ঙাক্লা থোংজিন কারল ফৈহিপ্পা পিথি বায়েলপা হুমু নারেঙশুবীপুথৌনি পুনেম্মা অঙ্গো পুন্সী চৈরৈ, কুই, মাহৈ, মাশিং চংথোলপা, মিরাইরেল তোংনা পালফপাপু থেলাইপক্কী লাইখোং ঙম্মীয়ে হায়পাকীপু নোংলেল থৌনি মঙম তানগনিয়ে ॥ কোরো নুমিং শিংগুম ১০ নি শুপাদা য়িমশেং কৈঙাক্লা নুমিং উথোকতেম বাইপাতা নাওবা অঙ্গো লাইজা ঈরু শন্দেংনা তারি থেনচং লাংতা হৈরু-পানা অরেম্বা, থাওমৈ উচান লৈখাম মেক্রুক থা, শঙ্গোম, লাফোই থোক্লা নাওবাপু থুংফাং চাংজো পাইহন্না, য়োইমায়াই কোইরো মাইয়োক থাকম্নানা, পুনেম্মা পুন্সী লৈনিগ-নিয়ে ॥

পন্থো মপা পোকমাপানা মাপারি মমোম ফুইজ-পাকিপু মপোক কুমশিং থেনফম মিকুপ নাহুম থেলয়েংনা,

মাকটৈম ফাবনা, লাকোল লাশি মপোক ঈনা লাংফম খোইরেল থওনা থমকানিয়ে ॥

কুমশিং অষ্টম তানফংলাপাকীপু নাহুৎ মারেং মথৌ পাংঙমকনিয়ে ॥ কুমশিং ৫ তানফংলক্ষপাকীপু পান্থৌ মপা পোকলাপানা লমচিংবিতানা নুমিৎ থাবাল থোৱাই মিচাক চঙখোলবদা ওঝা গুরু নাইহন্না শিন্নানা ভুম্বী নারেঙশু মীপু থৌনীনা মহৈ মশিং তাকপি তিকপি হন্দকানিয়ে ॥ কুমশিং ১৩ তাফংলাপাকীপু মহৈ তম্না তম্না, ক্ষশৈ পালোল, অমাইপালোল, মকৈ মশিং হৈনা নাপাকীপু পন্থৌ মপা পোকমাপা, পালেম মমা পোক-মাবী ২ না তারেং ললশিং চঙনা মপারী মমোমশিংবু ওবা কুরু মশক থাংহন্না য়িম্বাল্লোলকিপ, মমান্নবা মরুপ মপিচা শিংতাকী মীথোই মিহেন নিংপাকীপু থাঙ ত মুকনা কা জে, ললজেল. মাঙুচোং. চেনচোং খোংহাই খোঙফে, শুক, নুঙ লং ঈশৈ নোংমাই, বারি শিপূন, য়োংশু থাংশু. লৈনা খোংতিং মঙেন মনঙাক মথা মনলোক, থালৈ লৌহে ই, লেতম শিংতম, লৌরাং থৌরাং পায়া চেপশি. শংগাই পানান থুমোক, তাইরুক, পরম

ফকশা, ফৈরোই ফকশাং, পামেন শিংজাও চেপহাই, হাংমৈ থাওপাক লিরিশা, য়িমশা কৈশা বাইতৈ লমতৈ, লমশেং তুশেং, লাকোই লায়াং, অনাল অহুক, কিশেং চাকশেং শাফা লালফা হুয়েল লিকাপ তেনকাপ, লিতম তেন্দম, খৈপিক মক অরাংপা থাকতানা শিন্দমবিকানিয়ে ॥

অশি খৈপিক মহৈ তম্বাকীপু কুমশিং ১৫ তান-ফংলাপাকিপু পন্থো মপা পোকমাপা মাপারি মমোম-শিংপু থাংদিল লংলা ৯ তিম্বানা, উলেন উলিক পরেং থাংনা শিতাপা মিংথৈ সাংলেন পিনা খৌপাংকানিয়ে ॥

চানরাবী মমোমশিংগীবু উলিক লাক লাং পারেং ২ অমি পিবীগানিয়ে ॥ পলেম মমা পোকমাবীনা মপাবী মমোম শিংগীবু মাওথু নাওয়োক নাওরোইনা কুমশিং (৩) অহুম তানফংলাপাকীপু নাহুৎ নারেং থাংনা, কোরিয়াল মাহুংয়ান স্না লুপা তমফা কিয়াং লিকফাং, মাহুৎ স্না য়াম্বীনা, খোওজিশি, খোইলোল ফানেক, লমথাও, শাইকক ফুরিৎ খোনবানা, লৈশা শমলাং কোইককনা, চাওবা লেপতম শাংবাকীপু ফিশা য়োনশা, মহৈ মশিং য়িম্বালোলকাপু পুকচেং খোইতানানা

শিন্তাক শিন্তমাপকনিয়ে ॥ নোঙ্গ্‌ক বাহৈ, চৎনা থোদা বাকাওদনাপাকীপু পলেম মমা পোকমাপীনা খে'ঙথাং খুনেং কাংদনা তাকপী তম্বীরপকীপু থাজা য়িমলেপ মঙমজপানে ॥৩॥

পঙ্গো মপা পলেম মমা অপোকপা অনিকীপু মরুম থুপনা তারা চাকলেম চানা পালিপাকীপু মপারিশিং মমোমশিংনা থৌতিক বায়েল চৈরাক খংজলহৌনপাকীপু, য়িম্বাললোল খংজলহৌনপাকীপু নুংঙাই মনিং তমজানা মরোশিং মথোনা মিকুপ হাংতানা খংজিন তাসিন্না পুক্লিং থোইচৎনা তমজাহৌকাদাবানে কাওফদেয়ে ॥

অশুম তৌনা পুয়োক লাংগোলনা নাওয়োক্না য়িমপালপা ঙমনাপাকিপু পঙ্গো পলেম অনিমা শিনতাক শিনতম্বীনা নাওয়োক নাওকোম্না মিথোই মীহেন কৌনাপাকীপু মাপারি মমোমশিংগী লমনশিংনা থো-পাংঙকপাকীপু মচাকী, মচাকী, য়িমলেপ চারা তম্না মমুম পানবীপা কোরো নুমিং অতুদা মাপারি মমোমকি লমন শিংবা লোমলে ॥ মপারীনা য়িমলেপ ময়িম পালবা নুমিং অতুতাকিপু হোনা পঙ্গো মপা, পলেম মামা পোকম

অনিকীপু মচাসিংনা মৌহৌনা লমল অমুক তোলহৌরে খঃজৌও ॥

পালেম পনথৌ অনিনা মচা পোকচাপাকী লমলদি শিংবা লোইরে মচা অপোকপা ঐনা পলেম পন্থোকি লমন শিংজাপা ঙমজাপা ওইজাগে হাইপাকীপু পলেম পন্থৌ অনিকা ঙাংলৌ থুয়া থাদা খোংবী লৈথৈ পাইজানা পুনেম থৌনিজাগানিয়ে ॥ পলেম পন্থৌ অনিকী লমনশিংবা ঙমজানাবাকীপু থৌতিক য়াথংমতং ইন্না থোকাওতানা নোংতম্বা মপুবু পুনেমনা য়িম্বালকনিয়ে ॥

লোইরাবা ।

